*Granted subsidy for Publication*
*Vide Memo No. 17/4/64-SE.*

# আত্মাগী খোঙ্গোক

শৈ ন জুং :—
শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

মমল লুঃ ১'৫০

অকোঙবা :—
[illegible]রেংজবা মী




১বা ফোঙবা, জুলাই, খৃঃ ১৯৬৫



ছাপা তৌবা :— শ্রীআইচঃ ইবোবি সিংহ

নম্ফম :— ডি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

ৱারী তাবদগী ঈশৈ তাবনা হেন্না মীওইবগী আত্মা পেলহনবা ওম্বা মরমদগী ঈশৈবু আত্মাগী খোন্থোক কৌই। পাউতাক-ঈশৈনা আত্মাবু শুক্নত্তুদা মীওইববু পেলহনবা ওম্বা শক্তি পীবনা পাউতাক-ৱারীনা ওম্বদগী হেন্না মমল য়ামই অমস্থং অদুগুম্না খওখ্রবা হীরমশিং অদু আত্মাদা য়েক্তুনা লৈখিবনা করিগুম্বা মতমদস্থু থক কাউবা ওমদে। মরম অসিদগী লোল অমগী সাহিত্যগী মচাক্তা শৈরেংনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্তা লৈরিবনি।

ৱাখলশিং অসিনা থৌইনশিল অমা ওইদুনা শৈরেংজরবা পাওজদ্রবগী 'আত্মাগী খোন্থোক' হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি মৈতৈরোল সাহিত্যগী মচাক অমস্থু ওইনবা হায়বা ৱাখন্দা মতম চওনা ৱানা হোৎনজদুনা মৈতৈ-পোকপী পলেমগী চরন্দা কংচনবা পুথোকচরিবনি। মতমগা চানবা পাউতাক অমস্থং কান্নবা ৱারম কয়ামুক শৈরেং-শৈখল খূদিংদা য়েপ্তুনা নহারোল মীপুম খূদিংগী ৱাখল চাওখত্তুনা ইজাতিগী চাওখৎ থাক কানবগী ৱাখন্দা শৈরেংজবনি। ঐনা খঞ্জরিবা ৱাখলশিং অসি ইথোরকপদা হৈজদদুনা খৱা ৱাৎলবস্থু দেশ-বাসীশিংনা হস্থ-মিৎয়েং য়েংবীদনবা থুংমজরি।

শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

---

অসিগুম্নবা ৱানা পুথোকচরিবা শৈরেং লাইরিক অসিবু ইরবাকী মহে কাওলুপকী অওম্বশিংনা খঙংপীদুনা মণিপুর সরকারনা থোওনবা তেঙবাংবীবগীদমক ঐনা আত্মা-ভক্তি কচ্চরি।

শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

তাং ৭।৫।৬৫ ইং

# কংচবা

মৈতৈ পোকপী ইমা ননীং থুংব্রিবী ইমা
নচাগী খুদোলসে লৌবীয়ুকো ইমা।
ইরোলগী সাহিত্য শোনবনা নমান্নবী মরক্তা পিদোন্না
লোল থোক্তবীগুম লৈবত্থ তোপ্পা,
মাজৈ খঙবদা নচানা চোংথোকচরি নচানা থৌনা
ইমাগী সেবা তৌজগে খন্দুনা,
পাণ্ডজদ্রবস্থু নচা ঐনা পেনবীয়ুকো নচা ঐবু
হরাওজগে অনৌবা থৌনা ফংদুনা।
পুকচেল শেংজরবা নচাবু লৎনবীরবদি নংনা ঐবু
খঙবীদুনা নচানি হায়বা ঐবু,
রাজনিদা নচাদি য়ান্না পুবীগনি দোষ কনানা
তৌবীগনুকো নচাগী ইকমদা অতুন্না।
খুবাং চাংজৌ তরানা ইত্থু কায়াৎ লিশিংনা
খুরুমজরি নকমদা চাংজৌ চেপ্পা,
লৌবীয়ুকো নচাগী শেংলবা খুদোল।

---



শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

# হীরম লামায়

| হীরমশিং | | লামায় |
|---|---|---|
| ১। নিজবা | — | ১ |
| ২। মীরায়গনু | — | ২ |
| ৩। রাখল | — | ৩ |
| ৪। মুপী | — | ৬ |
| ৫। জাতীগী ফিরাল | — | ৮ |
| ৬। পাম্মুইদকো পুন্সিদো | — | ১০ |
| ৭। মীরায়গনু ওইবু | — | ১২ |
| ৮। রারৌন্নকো | — | ১৩ |
| ৯। নোংদোল লাইজা | — | ১৭ |
| ১০। পুর্ণিমাগী অহিং | — | ২০ |
| ১১। কালেনগী মুংশা | — | ২২ |
| ১২। অচোবা মী | — | ২৩ |
| ১৩। প্রকৃতিগী শকলোল | — | ২৬ |
| ১৪। নোংচুপলোমগী মহৈ | — | ৩১ |
| ১৫। লমল পাম্বী | — | ৩৩ |
| ১৬। মীওইবগী য়েক্লবা | — | ৩৬ |
| ১৭। সাক্ষী | — | ৩৭ |
| ১৮। থম্মোইগী লম্মৈ | — | ৩৯ |
| ১৯। কবিনা লৈবাক শেম্বরা | — | ৪১ |
| ২০। পুন্সি-কৈথেল | — | ৪৫ |
| ২১। ভারত-ইশানা লৈঙাক্লে | — | ৪৮ |
| ২২। পৃথিবীগী অপূম্বা শাসন | — | ৫১ |
| ২৩। অঙাংশিংগীদমক নিজবা | — | ৫৪ |

# আত্মাগী খোন্থোক

—:০:—

## নিজবা

মাতৃ ভূমি পলেম-পোকপী,
পোরক্ষম লমদম পন্থৌ-পোকপী,
খ্বাইবু পোকপী পলেম-ইমা
খুরুমজবি নচানা ঈংহৌনা ইমা।
তৌজনবা ইমাগী সেবা চাওখৎপদা,
পীনবীয়্যু অশেংবা থম্মোই নচাশিংদা,
লিংজেল মান্নবা, থৌনা ফবা,
অফ-ফত্ত, পাপ-পুণ্য খঙবা,
ওইজ্জগেকো নচা ঐখোয় পুম্বা।
নচাশিংনা ফজ্রগা হীরম খুদিং,
নংগনি ইমাস্থ মতম খুদিং,
ফম্নগা ঐখোয়না চাওখত্নুনা হৌজিক,
চাওখৎকনি পলেমস্থ শোয়দনা হৌজিক।
ওইজগেকো অন্থগুম্বা অফবা নচান্থ,
ওইজ্জরোইকো মাঙনবা ফত্তবা নচান্থ।

---

# মীরায়গনু

মপুগী লৈশেম লৈকোয়ন্নুং
পৃথিবী 'সিগী লৈথকন্নুং,
তাইবং-মালেম থকসিদা
লৈ'রিবা পোৎশক পুম্বদা,
মীরায় রাখল থনফদে
শীজিন্নফম খঙদবা তৌফদে।
খেন্নৈ পোৎশক থুদিংগী—
পাঙ্গল, মনম, মহাও-রস,
খঙদবদগী মখোয়গী মগুণ,
হৈতবদগী মখোয়বু শীজিন্নবা,
অরেম্বা তাহল্লিবনি কান্নদবা।
মগুণ খঙবা অশিংবশিংনা,
শীজিন্নরি মখোয়বু তত্তনা,
নুংঙাইনা লৈহল্লি মহুনা,
চাওখৎ-ফিদম তান্দুনা।
তূক্কচনা খল্লিবা শুমজিৎ'সি,
লৈত্রবদি হেন্না তূক্কচগনি,
লূরবা মালেম লৈথকসি!
সহরগী নমথী-হঙ্গোইশিং,
লৈত্রবদি কনাস্ল লৌথোকপীনবশিং,
থল্লগনি মক্কম থুদিং কত্তবনা।
লৈরবদি অথুম্বা পোৎ ঙাক্কা,
পাম্নগনি অথাবা মতম থুদিংমক্তা।
লৈরমত্রবদি মীপোৎ পাম্বা হূরানবনা

চাইনা লৈরমগনি পোৎশিংনা থম্না,
চেকশিন্না থম্নরিবনি মহু লৈরম্বনা,
ক্জহল্লিবনি ঐখোয়বু মহুনা।
উজাউ ঙাক্তা হৌরম্নবদি থম্না
লৈরমলোই নুংঙাইবা-ক্জরবা লম্মাং,
ফজবা কয়া লৈবা মরমনা
অকবা কোঙ্গায় লৈরিবনি,
অপঙবা ঐখোয় লৈবনা
অশিংনা নখোয় চাউরিবনি,
অহুনা মীরায়কদে কনাদা
মান্ন-শাজৎ চৎপীগনি।
হৌজিক্কী মতমগী শানৌশিং!
হৌজিক কালগী অহলশিং!
মীরায়নুসি কনাদম্ন ঐখোয়না,
য়াইকহনসি মপুগী লৈকোয়নুং,
হরাওবীগনি মহাক্লস্ন মহুনা হেন্না।

---

# রাখল

মীওইবগী শক্তি পূম্বদগী
হেল্লি শক্তিনা রাখলগী।
ইন্দ্রি পূম্নমক ঐখোয়গী
কায়াৎ পুম্বা হকচাংগী
পোল্লি মখা লোইনা
চৎলি মথুহুং ইন্দুনা

# আমাগী খোঙ্হোক

পাওখোকলি মাগী খোদা
তত্তনা মিকুপ খুদিংদা।
রাখল কৌবী অণ্ডকপী,
খোইনা হেম্না গুণ লৈবী,
শক্তি পূম্বা ওমলিবী,
অক্ষ-ফত্ত শাখোবী!
খোপতগী নংবু পোকপরা
থম্মোইনা নংগী নয়ুমলা
করম্বা মপোক্তা পোক্তুনা
নংনা অস্থক ভৌডম্বা?
শাথোবা নংগী নঙালনা
অক্ষ-ফত্ত খণ্ডহনা
চাওখৎ-ফিদম তাম্লরি
নমু-তাইবং ঐখোয়না।
মহৈগী থাউমৈ থান্দ্রবা
জ্ঞানগী মঙাল ফাওদ্রবা
তাইবংশিংগী মফমদা নংনা
ঙাল্লি মুৎশি মুৎশিনা;
থবক খোরম খুদিংদা
মফম-মতম পূম্বদা
তৌই শেরান-তুরাম্না
অক্ষ-ফত্ত খণ্ডদনা।
মশা-ঈশা সমাজদা
অরা-নুঙাই খুদিংদা
খোকহল্লি ফত্তবা মহুনা
মশাগী মরাল খণ্ডদনা।

# রাখল

লমচং-শাজং-মহৈদা
অক্ষবা পূম্বনা তিল্লবা
জ্ঞানগী মৈরা পায়বরা
তাইবংশিংগী মক্ষমদা
অরংবা মঙাল ফাওহল্লি
ময়ামগী ফিদম ওইহল্লি
খেমৈ য়ামনা মখোয়গা
অপঙবশিংহুগী মতৌগা।
হাংচরি মথন্তুগী মথরায়
হাংলি মীগীস্থ কয়া
তৌনরি দান কয়া
ফংই লেমস্থ লল
তাম্হোকখি মথান্নুংগী মচাস্থ
য়োকই মচা শকা মীচাস্থ
লান্দাকই মীরৈবাক্তা শাউনা
খামজিরৈ খরনা ঈংনা।
খোকহল্লি মসি পুম্বা
শাখোবা মাগী চৈথানা
ফহনসি মসিবু অহুনা
মহৈগী ফিজোল খোন্দুনা।
অরাবা কোঙাই নংনরি
নুংঙাইবা কয়া ফংনরি
খোকহনবনি মানা পুম্বসি
অহুনা মসিবু ফহনসি।

---

# নুপী

হে নুপী ওইবীশা !
অঙকপনি নখোয় অসি,
চাউখ্রে নখোয়গী নগুন'সি ।
মাঙহনবা ঙমই অরেম্বদা
নিপা কয়াগী মথন্নায়,
কল্লহনবা ঙমই মপাঙ্গল
অশোনবা নিপা-নহাশিংবু
নখোয়গী নগুং লাংগীদমক ।
কল্লবা নিপা কয়াগী
নুংগুম্বা থন্নায়-হকচাংবু
ঙমহল্লি থোংহনবা লৈরাংগুম ।
হৌজিক্কুগী নত্তে মসি,
য়েল্লহৌডৈদগী ওইরক্লবনি—
মুণি-ঋষি কয়াগী
অচেৎপা ধ্য নবুস্থু কায়হনখি,
ঙমখিবনি মী-লাই পূম্ববুস্থু
নুপী ওইবীশিংগী নগুন্না ।
য়েংউ, নমাঙদা শাৎলিবী
কঞ্জরবী লৈরাংশিং অসে ।
চেংলৌ শক্তাদি অহেনবী,
লৈরাং কয়াস্থু শাৎলি,
লৈহি-লৈনমদি য়াওদবা ।
লৈহি-লৈনম্বদি থল্লবা
চেংলৌ ন্নাৎপী শিঙেলস্থু

য়াও.রি মরক মরক্তা
মনা পুংবা মরুমদা।
য়েংউ, পাইরিবা খোইমুশিং'সে,
মকা ফল্লিবী লৈরাংশিংদদি
য়েংলমদে হম্না ফাওবা
মনম রস য়াওদে হায়না।
মরুমদা শাৎলিবী লৈরাংশিংদদি
পাইশিল্লি সঙ্গু সঙ্গু,
রাখল থেনবা খোইমুনা
তোংলম্নবস্থ কুইদে লৈরাংহুদা
লৈহি-লৈনম য়াওদ্রবদি।
য়েংউ, কয়াদা রানা খাঙলিবা
খোইমু শয়োম্না তোংলিবী
গন্ধ চাউবী লৈরাং'সে।
লৈহি তান্নবদগী লাম্হৈংনরি,
খোইমু কোল্লুপ কোল্লুপ.
লৈবাং লৈখোক্তা তোংহনা।
চুপনদ্রে হৌক্তিক মাগী লৈহি
কনাগুম্বা খোইমু অমত্তনা
লৈরাং মাস্থ রাজরে খাঙবদা।
খল্লরুরিনি পঙইদা হায়না
অহানবদা হরাওরম্নবস্থ মানা
লৈরক্তগী অহেনবীনি খন্দুনা।
অস্থম্না পাংখক ওইরবী
নখোয়নি নুপী ওইবী,
খল্লু নখোয় নশামকস্থ

আম্মাগী খোম্থোক

লৈরাংমক্কি হায়না কাউদনা।
খঙবনা কৈ নশাগী নঙ্গুন,
চৎকদোবনি মঙ্গু ঙাক্কুনা,
লেমজংগনি নখোয় মঙ্গুনা।

---

# জাতিগী ফিরাল

মচু অহুম্মা লৈতেংলিবী
লাইবক্কা চক্র ন মরবী
ঐখোয়গী খরায় ওইরিবী
ভারত-মাতাগী জয়পত্র ওইরিবী
জাতিগী ফিরাল তনৌবী!

কল্লবা বোম-তোপ মরক্তা
নোংমৈ-গুলি, সঙ্গল মরক্তা
নুংশি হৈত্রবা চৈরাক কংদুনা
রানা খাঙলুরবীনি মতম অমদা
পুথোকচগে হোৎনবদা ইমাগীনাক্তা।

কল্লবা য়োৎকী কৈশুম শঙদা
ইমানদি পাম্বোম রাংনা খাঙ্গিল্লুনা
"পীরো ইচাশা জয়গী ফিরাল
চোংথোক্লগে নমথেক্তুনা খাংবিবা পল
পাম্লে" হায়রক্লবদা হিক্কী কন্নুম্না

হোৎচিনজখিবনি নচাশিংনা পায়রুনা নংবু
শিন্নজনবা ইমাগী থাঙ্গৎলিবা খুত্রা।
পানগ্রবনি নশাদা নোংমৈ-গুলি কয়া কাওহুন্না
তৈথ্রবনি নচাশিংগী ঈতনা নশা পুম্বা
কাউবকখিগত্রা 'সিবু মতম কুইরক্লগা।

নহাকপু কন্ননবা হোৎনবদা নচাশিংনা
ওগ্না থোইনা খাওখিবনি কপ্পুনা ঈবক্তা,
থরায় হকচাং কয়াগা শিন্নজখিবনি নংগা
পুকচেল কল্লবশিংগী মকমদা নোক্না নোক্না
নীংশিংবীরিনিকো হৌখিবা অন্নাবা কোঙ্গায়হু নংনা।

নচাশিংগী থোৎলবা প্রেমগী থৌরীনা
নুংশিহৈত্রবশিংবু খুক্সম চন্দুনা পুল্লগা
পেৎতক্লখিবনি মথোয়গী অকন্নবা থম্মোই,
শিন্নজখিবনি ইমাগী খুত্তা নচাশিংনা নংবু
ইমানা চোংথোকখিবনি জয়ধ্বনি লাউহুনা।

পাইরি নহাক্না গুসিদি রাংনা নোংথক্তা
ভারতকী কোনা-কাচিন শীনবা থুংনা
ফূয়না হৌরকপা অনৌবা নোংগী মকক্তা
থেক্না থোয়না কেন্না জগোর শাহুনা
নীংতম্লে ইমা-ইচা ঐথোর সুংগাইরে হায়না।

অহবু ইমা, রাজদবা ওমদেনে নচাশিংনা
নহাকী নহৎশিনবী অতোপ্পা অমা
পুথোক্লবা হোৎনবা য়াওরকল্লা থনবদা
খাওউথক্তা থরদং অন্নাবা খাওলগা
ইমাগী জয়পত্র শিলহনবা পামহুনা।

চৎথোকপীখিগন্নুকো নংনা ইমাগী নাক্তগী,
ঙাকচগে নচাশিংনা কোয়না ইমাগী নাক্তা,
অনৌবা য়েরুবনি খঞ্জগনি চঙলকপা পুম্বা
ইজাতি-বিজাতিশিংনা হোৎনরকপদা অতুম্না,
থোৎনা হায়জগনি, য়াত্রগা খঙহনগনি ইতিক।

---

# পাম্মুইদকো পুন্সিদো

কম্লাক কূরু কারক্লে,
মাঙগী লম্বী তেল্লক্লে,
তুংগী লম্বেলনা শাংহৌরে,
য়ৌরক্লনি ঐগী লমথুং,
লাক্লগনি অকরুবা পম্থুং।
পুন্সিগী ঈচেল ঈথক্তা
আশাগী অকায়বা হিথক্তা
পুক্নিংগী অতেকপা নৌনা
লুপক্তেৎ লুপক্তেৎ হোন্দুনা
লাল্লি ঈপাক্তা রানা।
মাঙগী লম্বেলদি খঙদবনা
তুংগী লম্বীদা খঙবনা
ঈরাক্লরে ইরৈ কয়াদা,
লম্মুক্লরে ঈপাকথক্তা,
কৈরেং তুরেং হোন্দুনা।

অস্থুম থোক্কনি খঙদবনা
ক্তুবা হিন্থুং ইল্লুরে
নহা ওইবা মতমদা
লানমিন্নবা খন্থ্রাংনা
যৌবনগী তাঙলবা মতমদা
কান্নদনা অরেম্বদা।
তুংহন্না য়েংখিবদা ঐনা
উরে হৌজিক্কি নীংখিনা
ঈচেল তপ্পা ইরেলশিং
অক্ষবা হিয়াম লান্নরিবা
ঐনা পঙহুনা চঙলমন্ত্রবা।
খল্লুবগা থোইনা রাই
ঈচেল-ঈরৈ কনবদো
ঐনা শোয়হুনা লানখিবা।
যৌবনগী মতম ক্ষাওবদি
অরা-অনং মান্নখি
ঙাকপীনবা লৈবনা তন্তনা,
ইদোম ঙায়রে হৌজিক্না
পাম্মুইদকো পুন্সিদো লাক্লুয়োই।
হৌখিবা ঈহোল খল্লুবদা
শীন্থরকই পি মিত্তা,
থবাক্তা খূতুম্না শুহুনা
কপকদৌবদা মঙায়ম্বে ঐনা
অরেম্বদা হৌজিক কান্নদনা।
কুপথ্রে মিত্তম্থু পিবাংতনা
তোংগদৌরিবা হিম্থু মল্লক্লে,

হোম্নবা নৌম্ন তেকখরে,
শোল্লবা খুৎনা হোন্দুনা,
য়োগনি লমথুংকম করম্না।
পারী-ইমোম চাউদবশা!
চেকশিল্ল নখোয়গী হিন্নুম্ন
হিরম লাম্না চত্তনবা
কাউগনু অহলশিংগী য়াল্লা।
পুসিনা নৈমল্ল চল্লক্লগা
নখোয়স্নু নীংঙমদহুনা তুংদা
কপচগনি ঐগুম্না চাক্লা।

---

# মীরায়গনু ওইবু

ভারতকী ইচীল-ইনাওশা চাওখৎপা পাম্বা!
চৎকনি অশাংবা লম্বেল, কাগনি চীংজাও,
লানগনি অপাকপা ঈশাক, তৌগনি খবকশিংস্নু,
লম্ফাংলবা তাইবং খোঙচত্ত ঐখোয়না শোয়দনা।
ঙমগদ্রা পাঙথোকপা হীরমশিং অসি য়েন্তনা?
হন্দোক্লগদ্রা ওইথংবা খোঙ, খুৎ, মিৎ, নাবু?
চুমই, মান্নবা য়াদে ওই-য়েং অনিমক,
হীরম থুদিংদা কায়নদে অহুবু অনিমক।
অস্নুম্না কায়নবা য়াদে মুপী-নিপা থক,
থওবদগী মরম অসি মুম্না ইপা-ইপুশিংনা
শীংথানরম্লিবনি মুপীবু ওই, নিপাবু য়েং হায়না।

য়েৎনা কল্লা থবক শূরগা পোথাদনা
থোনবী মতেং পাংলিবী ওইগী খুত্তা
সনা খুদোপ, ঘড়ীনচিংবা মমল য়াম্বা,
অত্তুম্না থোনবীরি থোনববুদি মখোয়দম্বু।
হকচাংগী ওই, য়েৎ চপ মান্নজ্রবদি য়াদবগুম
য়ারোই থবক খুদিং অনিমক মান্নজ্রবদি।
নুপীবু য়েত্তা থমত্তুনা ঈকাইখুম্নবা উৎলিবা
নোংচুপলোমগী জাতিশিংনা চাওখৎলিব'সিনি
নুপী-নিপা মান্ননা শিংত্তনা থোরম খুদিংদা।
ওইনা য়াম্লবা মৈতৈ লৈবাক্তা করিগী থম্বীরি
ওইশিবু শেমগৎনবা মহৈগী শঙ রাৎনা,
করিগী ভাওহনবীরি য়েৎ-শঙদা য়ানশিনবীত্তুনা ?
কনানা পুবীগদগে অক-ফত্তগী দোষ মখোয়গী ?

---

# ঝারোল্লুকো

(১)

লম্বোইবী পলেম ও।
লৈঙাং ফিজেৎ শেত্তুনা
খুত্তা ঝুলি পায়ত্তুনা
কোকথক্তা য়েম্পাক তুপ্তুনা
কোক্তা তুবী উপ্তুনা
করিগী ভিক্ষা চৎলিবা ?

পান্নী ইবুংঙো মুংশিবা,
ইদোম লৈবী মপোক্তা
হরিগী মিংথৈ শোন্দুনা
কোয়না ভিক্ষা চৎলগা
পুন্সি লেনবনি ঙাইহুনা
মপাপ-ইপাপ কোক্লবা।

মীগী মপাল চাবদি
থোইনা হেন্না পাপ্নি
ঈশ্বরগী অচৌবা য়েক্লবনি
মহৈ-মরোং থাবীয়ু
থবক অতৈস্ম শূবীয়ু
পুক্লিংহুদা লম্থোইবী ওইবীয়ু
ইশাদি সমাজদা তিনবীয়ু
মপুগী মপাওখোননি থনবীয়ু
য়ারৌন্নুকো পলেমও।

(২)

চাক্লিবা 'য়াম্বা ও!
নপাঙ্গন্দি মকল্লি
থবক কন্না শূহুনা
চরৈ কিনাল শেত্তুনা
জাতিগী সেবা য়াওখোনা।
করিগী অতোনবা পাম্রিবা?

ইদোম ঙায়রে ঐহাক্তি,
থুংখিদরে নীংবা কোঙ্গায়,
ঐনা খ্বাইদগী পিদোম্লে।

হন্দক্কী মপোক অসিদি
অসুম্না 'সুম লেল্লগে
শিবা তানবা ফাওঘদি।

খেন্নবে ৱাখলচু য়াম্না
নীংবা থুংবনি পেন্সহৈবনা,
ময়ামসি নচীল ননাওনি।
থবক কন্না নোম্বীয়ু
লৈত্রবস্থু খঙনবা থিবীয়ু.
লৈরোই অৱাংপা কবিস্থু।
মীওইবগী অৱা-নুংঙাইদি
মীওইবা ঐনা শেমজবনি,
ৱাবৌনুকো 'য়াম্বাও।

( ৩ )

শেন্নিবা ইনাও ও!
নহৈ-মশিংদি তমথ্রক্তুনা
কবিগী অহুম্না চৎলিবা?
হৌবদা ঙায়রিবা নহাক্কি
লৈঙাবপদা হায়জক্ক অৱাবা
লৈগদগে কবিগী অৱাংপা।

হোয়নে ফগত্রা মতুনা
ঐসি ককঙাওনরেদা।
ঙসিদগী তোক্লগে নিবা,
থবক থিরুরগে ঐহাক
সমাজ-সরকার অনিদা,
লৈগনি ঐগী চাওখৎ-লম্বী।

পৈশা নিবদি ঈকাইব্রগা
ঈকাইররোই থবক থিবদা।
চুমই ইনাও ইবুংঙো,
রাখলদু য়াম্না ফজখ্রে।
পায়খৎপীয়ু চান্না পাঙথোক্লবা
ঙাঙবীগনু ফজনবা চীন্তদা
খুৎকা চীলগা মান্নবীয়ু।
চাওখৎমিন্নবা হায়বনি
রারোন্নুকো ইনাও ও।

( ৪ )

চৎলিবা ইতোল-খুড়া ও!
অমনা খোঙ য়াবীদ্রে,
অমনা মিৎ উবীদ্রে,
লেমজদেদা অতুম্না চৎপা
য়ুমদা কমত্তুনা হোৎনবীয়ু,
তৌবা য়াবা থবক পূম্বা।
হে ইনাও নুংশিবা,
পামজদবনি ঐখোয় অনিস্থু।
অস্থুম্না কোয়চৎ চৎলিবনি
গত্তি লৈত্রবত্তুনা ঐখোয়গী।
য়ুমগী মীনম্থু খোঁওইবীদ্রে
অত্তুনা চৎলবনি অস্থুম্না।
রাখলত্তু থরা ফজদে,
য়ুমগী মীবু হুনকদে,
সমাজ ঐখোয়গী অচোপ্পনি।
লৈকাই-সমাজদা হায়বীয়ু,

নোংদোল লাইজা।

লৈবাক্কী অঙম্বদা হংবীয়ু,
থবক পীয়ু তকপীয়ু,
ৱাদবা থবক শূন্নুনা,
লেনগনি পুন্সি নুংঙাইনা।
ৱারৌনুকো খুড়.খোয়।

---

## নোংদোল লাইজা

লশিং মকোলবু উমজনা নীংখিজরবা,
অশংবা মনা মরক্তা শাৎলিবা,
অঙৌবা কবোকলৈবু ঙমজনা ফজরবা,
মালংবা নুংশিংলক্তা কোয়পাই পাইরিবা,
অঙৌবা লৈচিল মপৈ অসি
য়েংবগী পেনবা নাইদবা শকফম্নি।
পাইখি অস্নুম্না লৈচিল কয়্না
পাইরক্লি তুংদস্নু মরী মরী।
খঙহৌদনা মমশিল্লক্লে মায়্গৈ
ফূয়না হৌরকপা শংবান্নরবা নোংনা
কজহল্লে কোরৌথক শীস্থুংনা নৌহৌনা
নীংথিজহল্লে মালেমগী দৃশ্যশিংস্নু।
অয়েক-হৈবগী নীংথিরবা খুংয়েক্না
মচু মখল মথেলগী লাইয়েক তমহুনস্নু
ঙম্নরোই খক মপোকে অসিমগী লাম্বা।

নীংঙমদহুনদা তোক্লগনি নোপ্তুনা মানা।
হৌজিক্তা শংবাম্নরম্বা শকক্ম অদু,
মুশিল্লক্লে অস্সুম অস্সুম লোইনা,
মায়গৈ পুম্বা মমখ্রে নোংগী মপৈনা।
মালেম পৃথ্বীবু য়োৎকে মতাগুম
শোম্না মপুনা শাউহুনা তাইবংবু,
কুপলক্লে নোংথাং কাতু কারল,
থাক্লক্লে অকিবা নোংগী নোংথাক,
শিৎলক্লে নুংশিৎস্থু কম্না কম্না।
নুংথিল চুপ্পা চাক্না ওলাংলম্বহু
কোকখ্রে হৌজিক নোংনা তারকপদা
থম্মোই ঈংহল্লে তাইবং-ঈাব পুম্বা।
য়েংবদা তমথীনা উবা শকক্মশিংস্থু
অক্ষবা মীশক ওই হায়বা খঙনবা
তাক্লিবোই নংনা খূদম ওইনা।
চুরিদা চেল্লিবা ঈশিংগী ঈচেন্দা,
শূমাঙদা থনগৎলিবা নোংয়াহী ঈপাক্তা,
কোঙ্গাল কারি মক্সম খূদিংদা,
কারক্লি, মাঙখ্রি, তাউথখ্রি, চোংলি।
"মিকুপ্পগুম পানবা তাইবং-পুন্সিনি,
কোঙ্গোল তাকপগুম তাকখিনি, চেকশিন্নু।"
অস্সুম্বা পাউয়োনরম্মী কখিশিংমা তগুমা,
অসিগুম্বা নতৌ অসিখু উবদা।
সমুদ্রগী ঈপাক্তগী মনিল গুন্দুনা,
চীং, তুরেল, লম্মাং কয়া লাল্লক্তুনা,
সুংশিৎলক্তগ পাইয়রকপা মোংগী মপৈনা,

তারৈ মক্ষম খুদিং শিঙ্খুংনা অর-র।
তারু তারুবা মক্ষমগী মতুং ইন্না,
খরনা চুপশিনখি, খরনা চেঙ্খখি,
তুংহৌই খরনা তাইবংবু থাক্লবা,
ওইখি খরনা পাম্বীশিংগী মচিঙ্গাক।
লৈক্ষম-তুংক্ষমগী মতুং ইন্না
তুক্কচৈ শোকপা কাওবা, শেংই অমৃতগুম,
অম্ভুম্না তুক্কচনৈ, পাম্মৈ তত্তনা,
মীওইবগী মপোক্কা পোক্লিবা ঐখোয়বু।
লমচৎ কত্তবা মীনুংশি খঙদবশিংগা
তত্তনা তিন্নরিবা কত্তবা মীশিংবু
করম্নবস্থু মানা পোক্লকপা মতমদা
তুক্কচনৈ খ্বাইনা অমাংবা পোৎকুম্না।
লৈমায়দা লৈরিবা ঈশিং পূম্বসি
মাঙখিগনি কুইরক্লগা মনিল ওইনা,
পাইখিগনি আতিয়াদা কোয়মা লৈনা,
তারকখিগনি অমুকস্থু নোং ওইনা।
অস্থুমনা অকা-অকুম তৌহুনা লৈরিবা
নোংগী ঈশিংগী মতৌগুম ওইরবা
তাইবং মীওইবগী মপোক্লি কুইদবা।
তেল্লবা মপোকসি অমৃত চেলহনসি
অকবা সঙ্গ তিন্দুনা চাওখৎহনসি
মহুতদা কগনি তাইবং ঐখোয়
চাজগনি নশানা থাজবা অমৃত-উহৈ।

---

# পূর্ণিমাগী অহিং

লুপা ফূদোংবা মচু মাল্লবা
থোরক্লে পূর্ণিমাগী থাজ তপ্পা,
কারক্লে নোংপোক চীংদোল লোম্না।
মালেম পূম্বা পূমঈং ঈংলে,
থাজগী চেংলৌ য়েংজবদা পেল্লে,
তাইবং থম্মোই মকা লাম্নবে।
তগুপ তবেংবা থরামিচাকশিংনা
ফজরে মণি-মুক্তা থেৎপগুম্না
অশংবা ফিজং মথক থুনা।
লুপা মচু মাল্লবা মালেমদা
হৎলে অশংবা পামেল-তম্ফা
মচু মুরৈ মুথাংননা লম্তুরা।
ঈংনা শাৎপী লৈরাং থাবল্লৈনা
নুংশিবা লৈনম য়েল্লক্লে তপ্পা,
লাইজা থক্তা শাৎলক্লে থরোনা
নিক নিক লাউবা ঈপাক থক্তা।
অহিংনি হায়বা কাউখিদ্রনা করিগুম্বা
য়াকায়বা য়াওরক্লে খোইমু ফাওবা,
পূর্ণিমাগী অহিংগী ফজবা শকফমসে
শৈশক-শৈথা ভমজবা নত্তে।
তূম্বা থেঙহৌবা চেক্লা থরনা,
আহংনি হায়বা কাউখিদ্রনা থক্লা,
তু-কারল পাইরক্লে খোংহ্রনা,

হক্তিঙ্গ্রে নায়তোমদা কিজরক্কুনা।
ক্জরবা মালেম লৈথক অসিগা
অশংবা নোংথক্কী ক্ষিজং অসিগা
শম্নগ্রে অনিমক অমত্তা ওইনা
তান্নবা মিৎকী ঙমখৈনা লোইবদা।
অহিংদা হৈনবা মী, শা, উচেকশিংনা
য়েরুবা মতম্নি খল্লি হৌজিকনা,
ৱারিনিদা তাইবং শেম্বা মপুনা,
করম্না ঙমগদগে লোইনা পেলহনবা।
পূর্ণিমাগী থাজবু উজবা মতমদা,
পুক্লিং ময়োল চোংথ্রবা মীশিংদো,
নীংবা কায়বগী তমথীরবা তীম্না,
চিকথৎলবা মীশক্তি চেকশিল্লু তাইবং।
থাজ'সিগী চেংলৌ তমজবা কনাগুম্বনা
মালেমগী থাজ ওইদুনা ঙালহল্লি,
শান্তিগী মঙাল পীবীদুনা খ্বাইদা
লানবা ঙমহনবী তাইবং-ঈপাক।
লাকখিগনি পূর্ণিমাগী থাজ কয়ারক,
ওইরকখিনি পূর্ণিমাগী অহিং কোঙ্গায়রক,
লাক্লরোই অদুবু ঙসিগী অহিং 'সিমক।
অসুম্না হৌখিবা লেপত্রবা তাইবং পুন্সিনি,
মসিবু খম্বত্রা তাইবং মীশকশিং অদুদি,
পুন্সিগী লমথুং নীংথিররোইদোবা মীশক্তি।

# কালেনগী নুংশা

য়াক্লবা কালেনগী অকনবা নুংশানা
চাকখেকই মালেম পুম্বা শীন্থ্রুংনা
খাঙহল্লি জীব পুম্বা চোংথুনা।
পুত্রি-খোংবাল কংই থ্রক থ্রক,
কংলবা পৃথ্বী চৎলি লৈত্রেক,
শিথহল্লি হৌরিবা পাম্বী 'পুম্নমক।
শারবা কালেনগী অকংবা লৈথক্কা,
তীম্থেক্লক্লা য়াংদৌ ফ্রং ফ্রং চোংথুনা
থরায়-হকচাং মাঙই কনবীনবা লৈতনা।
চাক্লবা, শারবা কালেনগী মৈচাক্তি
খাঙজৈ পামেল মরুমদা ঈংনা,
কাউহনবা ওমই অঙ্গংবা কুপ্পুদা।
ফত্তবা মীগী মিৎয়েংগী মৈচাক্তি
খোইনা চাক্লকই মফমশিং অহুদনা,
কোকপা ওমদে কৈদৌনুংদা খক।
অঙ্গংবা নোংদোল লাইজ ফংবদা,
ঈংলকখিনি চোত্তুনা মালেম পুম্বা,
অনৌবা য়েন্নীং হুল্লক্কুনা থুনা,
পাল্লক-শাৎলকখিনি হৈরাং-লৈরাং,
জীব পুম্বা কোক্লখিনি অরাবা।
ফত্তবা মীশিংগী অখাবা মিৎয়েংনা
চাকখেকথ্রবা তাইবংশিংগী থরায়-হকচাংদি
কোকপা ওমদনা মাঙখি খঙবীদনা

খ্বাইগী থৌজালগী মিৎয়েং কংহৌদনা।
চাক্লবা মৈশা থোকহল্লিবা নুমিৎপু
খুরুম্নবগুম্বা লাইনি হায়না খ্বাইনবু
নীংথীরোই কনানম্ভু নুমিৎ শাবশিংবু,
দণ্ডি পীনবা হোৎনরক্কনি খ্বাইনবু।
নত্রবস্তু, মশাগী মিৎয়েং মশাদা হঙ্জিন্দুনা,
চাকথেক্তুনা মাঙলনি নশা অমম্ভুং মাগী বংশদা,
কাউকদে অসিগুম্বা মপুগী শিঙ্খারোল 'সিদা।

---

# অচৌবা মী

মরল-মথুম য়ামনা লৈবা,
লৈবাক্কী অচৌবা থবক তৌবা,
মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবা,
কৈরাক থাবা শাগৈদা পোকপা,
মীশকশিংবু ঐখোয়না হেক্তা,
কৌই অচৌবা মী হায়না।
অসিগুম্বা অরানবা রাখল অসিনা
মোৎহল্লি হৌজিক্কী ঐখোয়গী সমাজ,
করম্না কোকহনগনি হায়না খনবদা
রাজদবা ঙমদে থম্মোই শোক্না।
নত্তে মখোয়দি অচৌবা মী অশেংবা,
কোগনি মখোয়বু চিংনবা লৈতনা—

ঈনাকখুনবা, অচৌবা থবক তৌবা,
মহে হৈবা, চাওখৎপা শাগৈদা পোকপা।
মশা-মউ ফজুনা র্‌াং-চাউরবস্থু
কৌবা য়াদে অচৌবা মী হায়না,
শক-চুগী মতূং ইন্নস্থু য়াদে কৌবা।
কৌগনি অচৌবা মী হায়না
মীশক অজুনা অচৌবা গুণ চেল্লবদদা।
অচৌবা মী ওইবা পাম্বীরিবা
হৌজিক্কী ইরৈবাক্কী নহারোলশিংনা
গুণশিং অদু নীংথিনা খঙবীজুনা
ইল্লবতদা ঙাক্তুনা মখোয় অদুবুদা
ওইজবা ঙমগনি অচৌবা মী।
অজুনল্রবদি নখোয়না নহে হৈজুনস্থু,
লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউবা থবক তৌজুনস্থু,
লাপ্পা লৈখে, অচৌবা মী ওইবদগী,
অচৌবা মান্নবা তূক্কচরবা হীদাক তৈজুনা,
হঙ্গোইহন্নবতনি মীশিংগী থম্মোইদা।
অচৌবা মী ওইনীংলবদি ঐখোয়না
চীংজাও শাজৎ চৎকনি :—
চীং-লেম্মা লেপ্তুনা নোংজু-নুংশা খাঙবগুম
অরা-অনা খাঙগনি চীংজাও ফিরেপ তমজুনা,
মশাদা জীবশিং য়োকপগুম নশানা জীবশিং য়োক্কনি।
নংণগী হেরা, মণি, মুক্তাশিং য়েম্থোক্কনি লেম্মা
মিহৌবা, চিংনবা লৈতনা মতৌ তমজজুনা।
নাপোমদগী চেম্থরকপা ঈচেল্লনা তত্তনা
তুরেলগী ঈশিং হুনবগুম চেম্থহনগনি নংস্থু

নশাদগী চেন্থখিবা খৌজালগী ঈচেলনা
ঈংহন্দুনা কনবীগনি জীবশিংগী থরায়-হকচাং।
তমজগনি হৈরাং-পামেল শাজৎ:—
নশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা কখোকনি লৈজবা,
অমৃত চেল্লবা তাউজিংগুম্বা নংগী নকমদগী।
চৎকনি নরু লুক্না মীপুম খুদিংদা মোল্লুক্না
অহাওবা উহৈনা চুম্লগা মরু লুকপগুম্না,
পেনবীগনি থম্মোইদা নঙোন্দগী কান্নখ্রগা।
ককচেং শাজৎ তমজগনি:—
নরৈবাক-নজাতিগী য়াইফনবা হোৎনবদা
ককচেং শাজৎ চত্তুনা খ্বাইগী লুচিংবা ওইগনি,
ময়াম খ্বাই চঙভুনা পাঙভমদ্রবা থবক পাঙগনি।
অশোক-রাখল খন্দুনা:—
জয় তৌগনি থম্মোইবু থম্মোইনা ঈংনা,
অতৎ অখম লৈত্রবা প্রেম লৈননবা,
নুমিৎ-থানা হেক লৈরিবা মখে জগত্তা।
বীনা যন্ত্র তমজগনি:—
নীংথিরবা স্বরগী খোঞ্জেল খোন্থোক্না
তাইবং পুম্বা ঈংহনগনি মতম পুম্বদা।
গান্ধী-শাজৎ তমজগনি:—
অহিংসা ধর্ম্ম নীংথিনা শাক্তুনা
নুংশিবীগনি জগৎকী জীব পুম্বা,
অচৌ-অপিশক, জাৎ-ধর্ম্ম থায়দনা,
লোয়নগনি মীপুম খুদিংগী মকমদা।
সরস্বতীগী মন্ত্র লৈগনি:—
মীকোক থোংগনি নহৈ নশিং তম্বদা,

তম্ম-খোৎলুবা খুদিংদা হোৎনগনি খঙনবা,
হৈরবা নহৈগী জ্ঞান অহু ঙাক্কনি নশানা।
তরেৎ অসি মপুং ফানা লৈরবা মীদি
খ্বাইগী অচৌবা মীশক ওইগনি জগত্তা।
মপুং ফাত্রবস্থু তরেৎ অসি তংখায় তংখায়দং,
লৈজরবা মীশকশিংদি অচৌবা মীনি।
অহুনা অচৌবা মী জগত্তা তাওই য়াম্না
লৈতে মফম খুদিংদা কোয়থি থিবদা।
অশোক মহারাজ, মহাত্মা গান্ধীজী
ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী অচৌবা মীনি,
মখোয় অনিগী মশেক-মঙান্দগী
ভারতনা ঙসি মী ওইজবা ঙম্লিবনি।

---

## প্রকৃতিগী শকলোল

প্রকৃতি কৌবী পলেম ও,
মহৌশা লাইরেম্বী ইমা ও,
শকলোল লিশিং পুরিবী,
নচাগী থোইনা চাম্নবী!
খঙ্গরুদে পঙ্গগে হায়না
নহাক্কী চেংলৌ শকম্বু
কলমগী শৈশক তমদ্রিঙৈ।
থাজনীংলক্লে ইমাগী চেংলৌ

উজখিবা নচানা কোঙ্গায় :—
অঙাং নান্না ওইরিবৈ,
পম্বৌগী পল্লিকোন্না লান্দ্রিবৈ,
উরম্মী নহাকপু নচানা
নীংথিবী লৈরাং পাম্বীগুম,
অহাওবী তাউজিং মউগুম,
পোক্কবী পলেমগী চেংলৌগুম,
মীনুংশি খঙজ্রবা হিংচাবীগুম,
রাখলগা চান্ন চান্নবা।
কালেনগী নুংশানা চাক্রবদা
অশংবা পোত্থাশঙগুম খল্লম্মী,
অতপ্পী ইমাগুম্না উরম্মী।
ঐনা খন্না চাউরকপদা
চংলম্মী নোংমা শাউহ্ননা
অহিংগী তংলৌ খেঙবদা
পলেম-পম্বৌদা কেজহ্ননা
পুক্লিংগী অপাম্বা ফংজনবা।
ভূৎ-প্রেত শারকই নংনা
পীরকই অকিবা শব্দ,
কৌশিল্লকই মচী অমদনা
মখুৎ হত্নুনা লোম্না
লোম্বোক্কবী মিত্তাঙবী শাহ্ননা।
ঐগী যৌবন মতমদদি
ছাত্র-জীবন্দা লৈখিবনা
উজখি ঈচম চম্না
খনবা শংখিদবা মরম্না।

ইবাইবক নেম্বা মরম্বা
ছাত্র-জীবন লোইড্রিবৈদা
তাজখি অরাবা মৈবক্তা
পম্বৌ শেৎন-খাইনহুনা
মপূন্সিগী নুংথিল পোবোপ্তা।
ইতিক-ইপা চাদনা
যুম্বু-পোৎলুম্বা নন্দুনা
মালেমদা ওম্বা খাওহুনা
পম্বৌগী কোলোয় কৌহুনা
খাওজখি হিক্লা কপ্তুনা।
মতম 'হুদা নহাক্তি
নোংমা ফাওবা নোক্লক্তে,
নংনা থোইনা কপথোকখি,
থোইনা হেন্না রাবীখি।
অযুক অঙনবদা হৌহুনা
ঐনা লোম্না য়েংবদা
নমিত্তা থল্লম্মী পিরাংনা।
নুমিৎনা থোরকপা মতমদা
ঐগী চেংলৌ য়েংলগা
পিগী ঈরা পরেংনা
মালেম লৈথক চোৎলকখি,
ঈশা কাওবা চোৎহনখি।
অয়াকপা নুংশাগী মৈশাদনা
লৈথোকখি চিন্তা তৌহুনা।
অহিং তাংলৌ থেঙবদা
তাইবং-জীব জুম্মপ্রবদা

হৌগৎলক্ষ্মী ঐনা নোংমা
নংবু তূম্বগ্রা য়েংনবা।
অহিং মিৎশেল খাঙহনা
লেপ্লক্ষ্মী য়া ঙাঙদনা
কাঙহাই চামোর পায়হনা
থম্মোই শোক্লা হিক্লা।
হায়বীয়ু নচা ঐঙোন্দা
খঙজনীংই মহু য়াম্না
কনাগী মশুং লাংগীনো ?
ঐনা কোক ঙাওহনা চৎপদা
ঐবু চিংনা য়েংলগা
নঙক ফ্রৎ ফ্রৎ হাইখিবহু
লঙনখিবরা নংনা ঐবু।
লোইদাম থাবুম কারকপদা
অরাপ্পা লমদমদা চত্তুনা
থবক-ইশ্বাং শূরকপদা
তাম্না পাক্লবা লৌবুক্তা
উখি অশংবা ঈথক ওইনা,
কুইরক্লগা উখি অমুক
সনাগী ঈপাক ওইনা।
লোইবী চীংথক কারকপদা
অশোঙবা লমদম চঙলকপদা
উখি সনা-লুপা ওইনা
মকম মকম খুদিংদা।
মতম অহু লোইখিহনা
অকোকপা সহর মপুং য়াইদা

ইরৈবাক খৌগল্ল তৌহনা
ইজাতি সেবা য়াওহনা
লৈজরক্লে পুকচেল শেংনা।
ইপাঙ্গল মীখোইবা নচ্চব্রবা,
ইহৈদা মীহেনবা ওইব্রবা,
ইরলদা মীমান্নবা ওমজব্রবা,
ইশক্তা মীনা শীংথানব্রবা,
লায়রবা ঐগী কলমনা
থুৎলাই-পাঙ্গল ওইহনা
শোল্লি শোল্লি হোৎনজহনা
সেবা য়াওগে চোংথোকচরি
ভারত-মাতা ইমাগী।
হৌজিক্কী মতম অসিদা
ইমা নংগী শক্তমদি ঃ—
নীংথিববী পলেমগী মওংনি
ভারত-মাতানা শাইওনবী,
মপুগী লিলা কম্পাক্লি
নীংথিরবী দৃশ্যনা ভিল্লবী,
ফজরবী হৈকোল-লৈকোলনি
কবিশিংনা পামজবী,
অতপ্পী পলেম-ইমানি
নচাশিংবু নীংলবী,
ন্নাক্তবী পুকৈ-লঙ্গৈনি
তাইবং-জীব পূম্বগী,
ফিশং শেৎপী ইমান্নি
তাইবং-শান্তি পীনবী,

থবক কন্না নোম্বীনি
মিকুপ কাওবা পোত্থাদবী,
থাঙমদ্রবী শকলোম্নি
নশাগী নগুন্না ওইজবী।
খঙলে খঙলে পলেমও,
মীশক-মশক য়েংহুনা
চান-চানবা উত্তুনা
খ্বাই য়ানবা হোৎনহুনা
নথৌ চিনবী ইমানি।

তাং ১৫।৭।৬৩ ইং

---

# নোংচুপলোমগী মহৈ

হায়বগী পঙহায় হায়নবনি,
খনবগী পঙখল খন্নবনি,
ঐখোয়গী লমজিংবীবা ইয়াম্বনি

নোংচুপলোমগী মীশিং অসে,
অনৌবা ভারত-জাতি শেমগৎপগী,
অপুন্বা নীংতম জাতি শেমগৎপগী।

জাতি, ধর্ম্ম, চৎনবী-লোনচৎ,
লোল, শক-চু, মীওই-মিতৌ,
মখল মখেন্না থন্না লৈবা,

পাক-চাউরবা ইরৈবাক লমদমসে,
ল্লারমগনি মখোয়না ইথক্তা পাল্লমমদ্রবদি
অপূর্ব্বা ভারত জাতি শাগৎপদা।

পৃথিবীগী মরোল ওইরবা
মখোয়গী ইংরেজী তমহন্দুনা
অনৌবা জ্ঞান ফাওরকপনি,

ইরৈবাক্কী প্রজা পূর্ব্বা ভারতকী
ফোঙদোক্লখিবনি মবুক্লিং-ইবুক্লিং খঙনবা
ফোঙদোক্লরি হৌজিকস্থু চান্নহল্লি থোইনা।

মখোয়গী ভারত-শাসন্না,
অমত্তা ওইবা ল্লায়েন্না,
লায়হনখিবনি পূনজবদা,

ওইরম্লোই কনখৎপা মখোয়না ওৎলমদ্রবদি,
অরাবা কোঙ্গায় খাঙলমদ্রবদি ভারতনা
ঙমলম্লোই মখোয়বু ঙম্নবা শক্তি শাগৎপা।

মিহৌ লাংদা থুহ্নুনা
য়েংথী ল্লাখল খন্দুনা
য়োৎকে হোৎনবদগী মখোয়না

লৈকুমখিবনি মখোয় অমুক
'ল্লাতোম্না ল্লাংলগা কাক্লা ফমদেকপা'
অচুম্বনি মৈতৈ-পাউরৌ 'হু অওইবা।

তোপ্পা লৈজে ঐখোয়গীস্থু
ফিজেৎ-চাকচা, লমচৎ-ব্যবহার,
লৈবনি মখোয়গীস্থু অহুম্না তোপ্পা,

কৈ তম্বা-হৈজিনবা মখোয়গী মহৈদি
ফত্তে তম্বদি মখোয়গী সভ্যতাদি
মাঙহল্লককনি মহুনা ঐখোয়গী ইজাতি।

খঙড্রিবরা হৌজিক ফাওবা
'লাইরিক হৈবা তোনাল্লি,
মহৈ হৈবা য়াম্লক্লগা ফংলকত্রে।'

হায়নরিবসি মিতৌ তম্বদগী ঐখোয়না
অহল-লম্মনশিংনা করিগুম্বদা শাউদুনা
ঐখোয়গী ফত্তবা অশোয়বা উরগা।

কাউনুসি অহুনা ফগৎহনসি থোইনা,
তমজসি মহৈগী জ্ঞানদি পৃথ্বী পূম্বদগী,
তমনুসি ফিজেৎ-চাকচা, অকে-অমোনচিংবদি।

নোংচুপলোমগী মহৈদি অফবনি ঐখোয়দা,
খেন্নৈ সভ্যতাদি মখোয়গীগা য়াম্না
কাউনুসি হৌজিকী ভারত-বাসীশিংনা।

---

# লমল পাম্বী

পুক্নিংগী মালেম লৈকোয়দা
য়াং-চাউনা হৌরিবা
লমল পাম্বী পামেল মউদা
মশা লিশিং লোঙলি কম্না।
পাল্লি তাউজিং হৈরাং কয়া

তম্না মশা খুদিং শীম্ন ুংনা
মখল মথেলগী উহৈ—
অখা, অয়াক, অথুম, অশীন।
তাউজিং খরনা অমৃতনি,
হেকউ, চাও, য়েম্লু মীঙোন্দম্ন।
হেক্নু অখাবা তাউজিংশিং'হু,
শিক্সগনি পাম্মুরবা নশাহু,
পীরুনু মীঙোন্দম্ন হেক্তুনা
শিদোকখিনি পাম্মুরবা মরুপ্তু।
অরাংবা মশাগী য়েত্তা
নীংখিনা পাল্লিবা উহৈ'সি
সনা মচু মানবা 'সি
অথুম্বা অমৃত-তাউজিংনি,
হেকউ, চাও, য়েম্লু নোক্না
কান্নগনি নখোয়-ঐখোয় লেপ্পা।
মীনা নখোয়দা তৌরকপা অফবদা
শিংখিনবনি লমল হেক্লগা পীহুনা
'তৌবীমল তাউজিং'নি মসিনা।
ওইথংবা অরাংবা মশাদা পাল্লিবা
তাওজিং'সি মচু চোম্বা
হেক্ল ুনু মসি, চারুনু খক,
'য়েংথীমল তাউজিং'নি মসিনা।
মাওগনি নশাম্ন, মীশাম্ন পোয়গনি
তাউজিং অসিগী মহূনা।
খাইগী মতোন্দা পাল্লিবা,
অরংবা মচু চোম্লিবা উহৈ' সি

'মীহাৎমল তাউজিং'নি মসিনা।
হেক্রুনা হৌজিকী ভারত-বাসীশিংনা,
লৈবাক ঈরাং হৌহনগনি,
নখোয়-ঐখোয় রানগনি,
ইরৈবাক-ইজাতি লৈখা তাগনি।
লৈবাক্কী রায়েল-শাসন ক্তুবা,
অচুম্বা বিচার লিংদবা মক্মদা,
হেক্রুবদগী মীচম্মা পঙহুনা,
অরাবা কোঙ্গায় তানখি,
নংগনি হৌজিকস্থ হেকপু হেক্রুরবদি।
লৈঙাক শাসন পায়রিবা
হৈশকসিবু খঙলবা হৈ হেকপনা
হেকচসিস্থ হৈশক খঙনা
পীখিনবা পীকম মকম চানা।
অকোয়বদস্থ পাল্লি উহৈশিং,
তলা মশা থূদিংদা থন্না—
চানবীমল তাউজিং, মীরাইমল তাউজিং,
নুংশিমল তাউজিং, অয়োকমন তাউজিং,
অরায়মল তাউজিংনচিংবা কয়া।
হেকপা য়াই হৈ-শিংনা ইশানা
চানবা য়েংহুনা পীখিনবা করিঙ্গবদা।

---

# মীওইবগী য়েক্লবা

খনবদগী ঙসি অয়াম্বনা শেরাম্লনা
মশক-মীশক খরবু য়েক্লবা ওইনা
মাঙহন্নবা হোংনৈ, হাৎসু হাৎনৈ
থাদোকপা ঙমদ্রবা হৌরকপগী শাজৎ
মখোঙ মরি পানবা শা ওইরম্বা।

মহুগী অচুম-অরান থিগৎপদা
কান্নদনা মাঙহল্লে ইপাঙ্গল-ইরল।
ৱায়েল শঙদা মাঙহনখ্রে অরেম্বদা
প্রজা-সরকার ঐখোয়গী লৈজবা 'পুম্বা
চাওখৎ-ফিদম তানবদদি হোরৎহৌরে।

মীওইবা ঐখোয়দি য়েংথীনফত্রবা পোকমিন্নবনি,
ঐখোয়বু ৱাহল্লিবশিং অদু ঐখোয়গী য়েক্লবনি।
ফত্তবা শাজৎ, য়েংথীবা পুকচেল, অতনবা, শাউনীংবা,
মাঙনবা খনবা, পুকচেল পিকপা অমস্তুং নীংবা কায়বা
তরেৎ অসিনি মীওইবগী অচৌবা য়েক্লবদি।

অতৈ ৱাৎলিবা য়েক্লবা লৈবশিংদি
ওইহনবনি মখোয় তরেৎ অসি তিন্নহুনা।
মখোয় য়েক্লবা তরেৎকী লাঞ্জঙনা
ৱাহল্লি তত্তনা মীওইববু মিকুপ খূদিংদা
থোকহল্লি অশান্তি তাইবংবু তত্তনা।

তরেৎ অসিনা লায়চূরবা মীশিং অদু
ঐগীদি চান্নবনি খল্লি ঐনা তশেংনা।
অদুবু, পুকোক্কী ৱাখন্না কুপখিহুনা করিগুম্বদা

কাউথোকখিদ্রনা ঐবু ফাওবা নংহল্লি,
কুইবদি কুইদে, অদুবু রায়দা ফাজিনবা হোৎনবদা।
কোঙ্গায় লৈবদগী মসি শুপথন থনবীদবা,
মীওইবা অসি মিংচৎ থীহল্লেদকো পাম্মুইদা।
ঐনা কাউথোকখিবস্থু খন্দবশিং লৈবদগীনি,
ঐনদি নুংশিজৈ মখোয়বু থাঙ্গেশেংনা,
মখোয়নদি খঞ্জবনিনা ঐবু পাঙদবা-অপঙ তাহল্লেদকো।

কনা কুইরক্লে মীওইবনা লৈরকপা
চাওখৎলে ফনস্থু হৌজিক ঐখোয় তশেংনা।
ঙমদবা য়াওরকত্রে মীওইবনা থবক খুদিংদা
ঙম্নকখিগনি অতৈস্থু হোৎনরি পাঙথোক্লবা,
য়েকচবদা মঙায়রে মসিমদি অঙৌবা চেবাংথক্তা।
করম্বা শক্তিনা মসিবু জয় তৌগদগে থনবদা
লৈরমদ্রে মীওইবগী অতোপ্পা শক্তি অমত্তা।
অমদি লৈরে অদুবু মতমদি চঙবতাই,
নুপী-নিপা পুম্বা মহৈগী জ্ঞান লৈবা তাই,
অদু নত্রবদি শাগী শা অদুম ওইখিগনি।

---

# সাক্ষী

সাক্ষী নহাকী নঙণ'সে
ওম্থোক্লা চাউই মালেমদা।
মতু শোল্লবা লাল্লদবা মীশিংবু

কনবীনবা হোৎনবীরি অচুম্বা চৎপীহুনা
চোংখোকপীহুনা ধর্ম্ম চেনবশিংগা লোয়ননা
সভা মমাঙ অমস্নুং রায়েল-শঙদা।
নংগা তিম্নজবদগী মীশকশিং অহু
মীপোক-মীকনবা শক্তি ফংই,
উপায় লৈজদ্রবশিংগী মিৎকী পিনা
শেংদোকচরি মখোয়গী মখোঙ থম্বালবু।
পেনবী মখোয়গী খম্মোইনা মহুদা,
হরাও জগোই শামিন্নৈ পেন্দুনা,
খোয়রুম মীনোক তম্মিন্নৈ য়েংনহুনা
পুল্লি চেৎনা নুংশি থৌরীনা,
থাদোক্লদনবা অমগা অমগা কৈদৌনুংদা।
অসিগুম্নবা মতম 'সিদা নংবু
ধর্ম্ম রাজগী শাইওন্নি খল্লি,
অস্নুম্না কনবীরি, পীবীরি দণ্ডিস্নু,
মপুগী শিম্থারোল কায়দনা তাইবংদা।
অহুবু, থাজদনা নংবু করিগুম্বা মতমদা
ঈনাকখুনবশিংগী শেন্না লৈহুনা পুরগা,
অকনবশিংনা তাৎ তৌহুনা ফারগা,
মাঙহল্লি অশোনবা লাঞ্জদ্রবা মীশিংবু
ফত্তবা মীশিংগা তানহুনা মরক মরক্তা।
অশেংবা মীহাৎপশিংগী মীচঙ চঙহুনা
লাঞ্জদ্রবশিংবু ফাঁসী শগাই কাহনখি,
হূরানবা, ডাকুবু লোম্ভুনা কল্লগা
অচুম্ববুস্নু করিগুম্বদা দণ্ডি ফংহল্লি।
মহুগী খল্লুবদা নহাক'সিবু ঐনা

মতু হৌদবা অপাইবা শানি খল্লি।
মতুগুম্বা শাক্তং তোয়রকপনরা খঙ্গ্রে,
অশান্তি থোকহল্লে হৌজিক্কী তাইবংদা।
মনাইরা নংবু অশিংবা উকিলশিংগী,
হূরা নংসে কস্তুবা রায়েনবশিংগী,
পুকচেল অরেপ্পা লৈতবরা নংগী?
কাউরবরা নহাক মমাঙঙৈগী দশাদো
থোরবা রায়েল-কাত্তিনা চপখিবদো।
নীংশিংজুনা মতু হস্থাননা খল্লগা
মপুগী শিন্থারোল কায়দনবা চত্তুনা
শেম্মুনা কৈদোগে হৌজিক্কী সমাজবু
অশান্তি মাঙহল্লগা শান্তি ওইহল্লু।

---

# থম্মোইগী লম্মৈ

পাক্লবা মীওইবগী রাখলগী লম্বাংদা
তত্তুনা চাক্লকই খঙহৌদনা লম্মৈনা
কল্লক-য়েংথীবগী মৈরানা চুহুনা
লোয়্না নত্ত্রগা অক শানা কনাগুম্বনা।
পিক্লা হৌরম্মী অহানবদা মুংশি মুংশিনা
থোশারুদে মরাইনা মুংচখিগনি হায়না,
মৈরিকপীনা মৈজাওবী হৌবগুম চাক্লক্তুনা
হেঙ্গংলকই পাকথোক-চাউথোরকপা লম্মৈ'হু
মুংথংপা হৈতবনা নত্ত্রগা পাম্বৈ লৈতবনা।

রানা মুৎথৎচগ্রবস্থ মতম চঙনা লম্মৈ'দু
হন্না হন্না চুখৎলকই ফত্তবশিংনা
নুংশি হৈতবা শাজৎকী মৈবুল চূহনা
চাউখৎহল্লি মৈচাক অমুক্কা হেন্না।
থম্মোইগী কাচিন্দা থুপ্তুনা লৈরম্বা
শাউনীংবগী নুংশিৎনা ইপোম হৌরক্কুনা
মৈচাক হেঙ্গৎহন্দুনা তমথীবা লম্মৈ'দু
চোংহুনা খাঙই থরায়-হকচাং পূম্বা।
মহুবু উরগা ফত্তবা মীশিং অহুনা
হরাওই য়েংহুনা খুবাক খুর খুরহুনা
খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই মাগী মরুপশিংদা
পেন্নৈ মখোয়না চোংলিবহু উরগা।
তুংগী রাখল খনবদগী মৈচাক ফংলবদস্থ
খাঙজে মুৎচখিগনি, মাস্থ চাক্ককনি হায়না
মুৎথৎনবা হোৎনজে মিৎকী পিতনা।
হন্না হন্না থারকপা লম্মৈ কয়াবু
মুৎহল্লি লায়না ঐ মশক খঙবশিংনা,
হন্নহুম চাকহনখি মৈ চুবশিং তমহুনা
চোংহল্লি নীংঙমদবগী মৈচাক্কা লোয়নননা।
নপাপকীনি হায়না খনবদগী হেন্না
নোকউদে মখোয়না করিগুম্বদা পেন্ননা,
নেতাশিংগী লমচৎনি মসিনা তশেংবা।
হৌজিক্কী ভারতকী নহা-অহলশিং
ইরৈবাক সেবা তৌমিন্নরিবা অপূম্বা
অসিগুম্নবা নুংশিহৈত্রবা লম্মৈ থাগত্তুনা
শ্নীনবীগন্থু রাননবা নখোয়-ঐখোয়গী

খুংলাইনি মচুনা লৈখা তানবগী।
খোয়রুম মীনোক তৌনা লেনমিন্নচনা
পুন্সি নুংশাংনা পান্দুনা ঐখোয়না
চাওখৎ-ফিদম তান্নবা মালেমদা
শান্তি-লাইজা খিক্লসি থম্মোইদা
মীপুম খূদিংগী ঐ-শিংবু পেলহনসি।
মপুগী লৈকোন্দা শিদ-উপাল থারম্নবা
হোংনসি নখোয়-ঐখোয় চঙচনা কন্না,
করিগী ঙমদগনি লিংজেলবু মান্নরবদি
চাওখৎহনগনি মচুনা ভারতপু মালেমদা।

---

কবিনা

# লৈবাক শেখরা

লৈবাক্কী নেতা ওইবশিংনা
মজাতি মীয়ামগা লোয়নননা
শেমজৈ মরৈবাকপু চাওখৎনবা,
রাজনীতি দলশিংনা মচুগী
খুৎলাই-পাঙ্গলনি তশেংনা
হৌজিক্কী অনৌবা মালেমদা।
অঙ্ক, ভূগোল, সাইন্সনচিংবা
লেংলিবা কলম পায়বশিংবু
কবি হায়নদে কনানস্থু করিগুম্বদা।

কৌনরবস্থু অয়াম্বনা কবিবু
মরু ওইনা কবিতা লেংবশিংদবু
কৌরোইদোবা লৈতে মখোয়বু খক
রারেংদা মরেংলবস্থু কনাগুম্বশিংনা
কবি-কলমগী মমিবু তাহল্লবদা।
অশাবা কবিগা থম্মোইদি
অনৈবগা অরূবগা য়াম্নরবা
লাইজা ঈশিংগী পাংখকনি।
কল্লক রাখল শীজিন্নহনা মখোয়না,
ফত্তবা শরৌ শীন্দুনা করিগুম্বদা
হেন্নবা হোৎনৈ মখোয়বু অহেনবদগী
মহুনা চেম্থহল্লি কবি শাগৈবু।
লিক্লাই মহীগুম্বা লূরবা লাইজগুম
লূই অশেংবা কবিশিংগী থম্মোইদি।
অরাংবা চীংদোল, লুরবা সমুদ্র,
শারবা মরুভূমি, ঈংলবা লমদম,
অরাবা, নুংঙাইবনচিংবা খুদিংদা
মকম, মতম পুম্বদা য়ৌই
রাখলগী দোলাইদা তোংহনা মখোয়না।
মথক থোংবা কবি ফাওগৎলকপদা
মখোয়গী শেংলবা থম্মোইগী লৈকোম্নুংদা
পেনবী হৈবী লৈরাং শাৎকায়হনা
কৎচৈ হেক্রুগা মাগীদমক মপুগী চরন্দা
মরৈবাক্কী নুংঙাই-য়াইফ ওইরক্নবা।
মাগী থম্মোইগী কাচিন্দা লোৎলিবা
রাখলগী লংলা লংহুমগী মচীল

পিগ্রবা কলমগী মচান্দা হাপ্তুনা
অতৎ অথম লৈত্তমা চিংথোরক্তুনা
অঙৌবা চেবাংথক্তা হাপ্তুনা থম্বদা
লোইবা নাইদে চিংথোরকপগী থক।
লংলাগী তুথুপ তুথুপ থুদিংদা
থুম্ববা রসনা থম্মা য়াওহনা
পেলহল্লি অয়াম্বা থম্মোইশিং
লংলা লংশক খঙজরবা মতমদা।
লংহুম অহু অচম্বা নত্তে
ঈশ্বরগী শক্তি চঙলবা অরংবা
সনাগী লংলা লংহুমনি অতাঙবা।
চেবাংথক্তা তারিবা মমিহনা
অঙকপা শাইওন-শকলোল ওন্দুনা
মুংশিরবা ঈশৈ শক্লকই খঙহৌদনা
পুং, যন্ত্রনচিংবগা লোয়নননা তাল নাইনা।
তাজবদা অথুম্বা মুর-রসপু
কপচৈ, নোকচৈ মহাক্না অর্থ খঙনা,
মমিত্তগী তারকপা অকপ-অনোক্কী
পিগী মরিক্কা কলমদা তারগা
হেনগৎহল্লি মভিক-মগুণ কবিতাগী।
শক্লম্বা ঈশৈ লেপথিহনা করিগুম্বদা
লৌরকই অমুকম্মু মুংঙাইরবা নারী।
লৈখল লৈচু হাপ্তুনা লেংলবা
হৈ-শিংলবী মালিনীগী লৈরাং পরেংগুম্মা,
লৈখোক অমম্তদা পুন্না শাৎপা
মখল মখেলগী লৈরাংগী মতৌগুম্মা,

পেলহল্লি করিগুম্বদা অয়েংবা-অতাবশিংবু।
হৌখ্রবা, চৎলিবা, লাক্কদৌবশিংগী
লমজিং পাউতাক্কী মশেক-মঙাম্না
ফাওহল্লি মীপুম খুদিংবু জ্ঞানগী মঙাল।
মঙালগী মশেক্না ঙান্দুনা খাইনা
পাঙথোকহনবা ঙমই মরৈবাক শেম্বদা,
চাওখৎহনবা ঙমই তাইবং-জাতিবু
মশা চাওখৎপগা লোয়না লোয়ননা।
নেতাশিংগী কোকলেন লুচিংবশিংসু
সনাগী লংথুম থম্মোইদা থমজবা
মীশক্কুনি তশেংনা চাউত্রবসু লংথুম,
অতৈ নেতাশিংনা মঙাল ফংজবনি মাগী।
ওজা ওইবদা অথোইবা মীশকসু
কবিগী মগুণ লৈবনি খরদসু
তানশিঞ্জহনা ওইরবসু মশানা।
মালেমগী মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা
খরদা ওইরবসু চেন্দবা য়াদে
মমল য়াম্লবা কবিগী মগুণ
য়াম্মন্দহনা খঙদবদগী তৌবনি,
অহনা মীওইবনা নিংথৌ ওইরিবনি
অসুক য়াম্বা জীব পুম্বগী।
য়াম্মন্দ্রহনা শীজিন্নবা ঙমজ্রবদা
কনাগুম্বগী মপুং ফারবা মঙান্দগী
হেনগৎহল্লি মখোয় শক্তি
অহনা ঐখোয়গী মী ওইরিবনি।
মীওইবগী পুন্সিগী থৌরম খুদিংদা

হিনাও শাবনি কবিশিংনা লেপ্পা
হৌজিক্তগী নত্তে মসি থায়নদগীনি
হৌজিকস্থ ওইরি, ওইহৌগনি তুংদস্থ।
অত্থনা মথোয় অসি অচৌবা,
লৈবাক শেম্বা মীশক্নি তশেংনা,
জাতিগী অক-ফত্তদা লেপ্পমক,
মথোয়গী মথৌদাং য়াম্না য়াওরি।

---

# পুন্সি-কৈথেল

হে নরৈবাক নীংলবা ইচীল-ইনাওশা,
নীংতম্লবা অনৌবা ভারতকী প্রজাশা।
পুন্সি-কৈথেল কারকপদি নীংতম্না,
লাকপগে অনৌবা করি পোৎ পুত্থনা,
মতম মতমগী চানবা পোৎশক য়েংথুনা,
শেন্দোং ফংনবা নখোয়গী পুন্সি-কৈথেলদা ?
ফংনখি নপা-নপল, নচেম-ননেমশিংনা
মথল মথাগী শেন্দোং-শেম্মাও,
নোকখি, কপখি, ব্রানখি, পেন্নখি
মতম অত্থগী পুন্সি-কৈথেল কারকপদা
মথোয়গী হৈ-শিংবা অমদি হৈতবদগী।
মতমগী সুংশিৎনা পুরকপা অনৌবা নোংজুদা
চোৎলবা নোংলেন লাইজনা পুন্সি-মালেমদা
হৌরবনি মতমগা চানবা পোৎশক্না থম্না।
থওজ্রবদি অরি-অনৌ পোৎশক ঐখোয়না

রাজগনি মহুৎ মাঙহনা খোয়শাওননা,
পোৎশক খঙলবা জ্ঞান লৈবশিংদনা শোয়দনা
ফংহনা হয়াওজগনি শেন্দোংনা শেন্দোং,
কাউনুসি রাখল অসি মনুং মতম চারিঙৈদা!
পামহনা নীংথিবা শেন্দোং মপূং ফানা
হোৎনরবদি নখোয়-ঐখোয় কনাগুম্বনা
নত্তবা-অরানবা রাহৈ হায়জিন-খোচিন্দুনা,
রাজনিকো শেন্দোং-শেল্লেপ মাঙহনা।
খাঙজগনি ওয়া খোইনা কপ্পা চোংহনা
খঙখ্রবদি নখোয়-ঐখোয়গী ইরাল কনাগুম্বনা,
তৌগনুসি অহনা ফত্তবা মতম পূম্বদা।
মীপোৎনা নপোৎ শাহনা তাংহনা য়োল্লবদি
ফংজরোই মপূং ফাবা শেন্দোং খক,
তোকনি মতমদা শিত্তুনা ওইজবা ফংদনা।
পাল্লবদি অচৌবা ফূরা-দলালদা লৈহনা
কোলোয় মিংচৎ চৎপা তাবং পুন্সি-কৈথেম্নুংদা
হেকচিল্লু মহৈ চূম্বা মহৈ-ময়োং পাম্বীশিংদগী
অহাওবা, নুংশিবা হৈয়াং-লৈয়াং পাম্বীশিংদগী।
মতম মতমগা চানবা পোৎশকশিং পুথোকউ
নখুৎনা শাবা, রাখল্লা পুথোকপা অনৌবশিং,
পাল্লনবা মতমগা চানবা কাল্লবা ফংহনা।
হন্দক্কী অনৌবা তাইবংগী পুন্সি-কৈথেলসিদি
নত্তে লৈগদৌবা নয়ল পৈশানা অপাম্বশিং,
নত্তে পুথিগদৌবা শেন্দোংগী শেল শেঙ্গাওদা,
পুনখিগদৌবনি শেন্দোং নপোৎ-ইপোৎশিল্লহনা,
রাজনি অহনা য়াবীত্রবদি নপোৎতু শিল্লবদা।

নপোত্তি য়াওদনা কারক্লগা কৈথেলদা
মীগী মপোৎ লাক্কুনা, হুরান্দুনা হোৎনরবদি
রাজনিদা নহাক্কী পোকগুমক্রবা মপোক্তা য়াম্না
পূম্নমকসি লৈরে লোইনা নং-ঐগী হোৎনবদা,
অহুবু লুপ্রে লম্ফাংলবা লম্বী অমস্তুং সঙ্গদি
নং-ঐনা পঙলবা অমস্তুং লাইবক থীরবদি
অনি অসিনা মাঙহল্লি তাইবংবু তন্তুনা।
হোৎনৌ হনখিনবা অঙানবা পূন্যগী লম্বীদা,
ফংগনি য়োৌরগা নুংঙাইরবা নয়ুম
অমাঙ-অতা লৈত্রবা মপুগী মনাক্তা।
হনপ্রবদি নখোয়না অমম্বা পাপকী লম্বীদা,
রাজগনি নখোয় নমথী-হঙ্গোই মরক্তা,
লম্বী অনি অসিদনি লৈরিবা হনখিনবদি,
অহুবু লুপ্রে মশক খঙবা অনি অসি।
নয়ুম-ইয়ুমদগী থোরকপদদি নশা-ইশাদনি,
তানগদৌবনি পূম্নমক অসি চৎনা চৎনা
য়োৌবরা ফাওবদা মীপূনফম কৈথেল'হু
তোকপা লৈতবনি হোৎনবদি পূম্নমক ফংনবা,
হনখিগদৌবনি পুহুনা শেন্দোং-শেম্মাঙহুদা
কয়াদা লুপ্রবনো খনবদা তু চুংত্রিবরা 'সিবু।
মপুগী শিম্বা কায়দনা চৎলিবা মীশিংদনা,
ফংগদৌবনি মপুং ফাবা অফবা শেন্দোং,
অহুনা হংজিল্লু করম্বা শিম্বানো মাগী,
তাকচরক্কনি মরাইনা অখঙ-অহৈশিংনা,
হোৎনৌ ইন্দুনা পাঙথোকনবা শোয়দনা।

# ভারত-ইশানা লৈঙাক্লে

ভারতকী নহা-অহলশিং য়াইফবা !
করিগী নুংলাংলি করিগুম্বদা নখোয়না ?
হৌখ্রে লাক্লরোই অমুক মীরৈবাক-শাসন,
চংখ্রে মীনাইগী পুন্সি ঐখোয়দগী,
মপুনি হৌজিক ঐখোয় থৃদিংমক,
পাক-চাউরবা ভারতনি ঐখোয়গী,
ভারত-ইশানা লৈঙাকলে, লৈকল্লে।
শোম্নরিবদাই নখোয়-ঐখোয়না তত্তনা—
হাৎন-থিন্নবা, খৎন-চৈনবা তোয়,
হেনগৎলকই ফত্তবা লমচৎ হায়না,
রারুনু মতুগীদমক কোকপা হৌরক্লে,
তৌজরিবনি হৈতত্নুনা মশাবু রারকচবা,
তোকচরক্লি কনাগুম্বনা ঈকাইত্নুনা খম্বুবদা
কিনরম্বদাই থায়না তুজুং-মাঞ্জুংনা
হায়ত্নুনা য়ারা অসি তত্তনা—
'নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা খেৎলি।'
মপু-চৈরাক কিবদগী মতম 'ত্নুদা
ফনরম্মী লমচৎ-শাজৎ মীওইবগী,
ফংলমদে নীংতম-রাঙাওদি কনাস্নু
ককথৎলম্মী মরৈ ফাওবা করিগুম্বদা।
ইনীং তম্না ওঙলে হৌজিক্কি,
নংস্নু ঐস্নু কাবা য়াই মীখল,
তোকচবনি মতিক চাদত্নুনা ঐখোয়না।

অপাম্বা নহুৎ-নরেংসু থাগৎলু,
লৌথোকউ পামদ্রগসু নংগী নহুৎ,
ভারত-ইশানা লৈঙাকপদা অমোৎপাশিংবু।
লৌথোক্কনি পামদবা অচৌবা শাবশিং,
ফংলবাদ মতিক চাবা মবালগী থবক,
হাপ চনগনি অনৌবা অফবা থুনা,
নখোয় ঐখোয়গী ইনী-ইখানি।
ফাত্রবরা মসিবু খল্লুনা অতক?
করিগী পেন্নাদ্রে নং-ঐনা পঙহুনা
মতিক চাবা ইগুণ চন্দ্রগা
নখো ইখো পাঙথোকপা ঙমদ্রগা?
অমুতনা থল্লবী, মতে-মপোং চুম্লবী,
সনা-লপা রাত্তবী, মণি-মুক্তানা থল্লবী,
ঋতু শুনা খোগনবী, লৈতা ও চেল্লবী,
ধর্ম্মাশংগী হৌফম ওইরবী, রাল্লবী,
ভারত-ইমাগী মচাশিংনি ঐখোয়দি।
মখারোদা লৈবি শন্দোক্কুনা ঈংনা
পাক-চাউববা সমুদ্রগী ঈপাক্লা
ইমাগী অশোয় অঙাম ঙাক্কুনা।
লৈরি অরাপ্লামদা হিমালয় চীংশাংনা,
অচৌবা উনগী ফিজোল শেত্তুনা,
য়েক্লবগী লাম্হৈ ঙাক্লবা অচিং-নুংখিল।
করিগী চিংনবগে নখোয়-ঐখোয়,
হোৎনসি মতিক চাবা লৈঙাকপা ওইনবা,
ভারত-ইশানা লৈঙাক্লে হৌজিক্তি।
মীনোক লাকহনগুমসি, হোৎনসি,

ঐখোয়না ইমাগী মিংচৎ থীহনগুমসি।
মচা চামা পোকপবু দি ঙমখি
মচা মঙাদা পোকপীনা অহৈঙে,
কক্তুবা মচা লিশিং অমনা লৈবদগী
হেল্লি অক্কবা অমত্তা লৈবনা,
মীশীং য়ামদ্রবা অপিকপা লৈবাক্কী
বৃটিশ জাতিনা পাল্লম্মী পৃথিবীশিন্থ্রংনা,
কাউন্নসি য়াৱা'সি য়াইফনবা লেপ্পমক।
খাঙ্গৎসি পাম্বোম ৱাংনা নোক্কা
ভারতকী জাতিগী ফিৱানবু ৱাংনা
উজসিন্নু পৃথিবীগী জাতি খূদিংনা।
অঈংবা স্তুরনা শকসি ৱাংনা,
ভারত ইজাতিগী ঈশৈবু ঐখোয়না,
তাখিনবা তাইবং-জীব পুম্বনা।
চাওখৎকনি মহুনা নখোয়-ঐখোয়গী,
হৱাওগনি ঐখোয় পোকপী ইমানা,
ওইঙমলোই মসি পুম্বা থক,
নখোয়-ঐখোনা মতিক চাদ্রবদি ;
মহৈগী মঙাল ফাওবা ঙমদ্রবদি।
মাঙহন্দনা হোৎনসি মিকুপ অমা ফাও,
থুংগনি শোয়দনা নীংবা কোঙ্গায় ফাও,
লৈৱে পুম্নমক'সি নখোয়-ঐখোয়দা।

---

# পৃথিবীগী অপুন্বা শাসন

## ( One World Government )

পাক-চাউরবা মালেম পৃথিবী'সি
মপান নাইত্ৰবা মালেম লৈকোয়'সি,
হায়নরি মপুগী লিলা ফম্পাকনি,
শোম্নরি নুংঙাইরবা অশেংবা মফমনি।
য়েংলি মহাক্না ঐখোয়গী ইতৌ লোশু্না,
নোক্লি তত্তনা, কপ্লি তোয়না উদ্বুনা,
ঐখোয়-নখোয়গী থবক-থৌরম খুদিংদা,
অরা-অনা, নুংঙাই-য়াইফ খুদিংদা।
হাকন্নরি রাবীহুনা লান্দবশিংগীদমক,
লাক্নবীরি দণ্ডি পীবীনবস্নু অরানবশিংবু।
ফংজদে পোখাবা অসুম্না হোৎনবীবদা মহাক,
খন্থনদ্রি রাফম অসি অপঙবশিংনা থক,
কাউথোকই অশিংবশিংস্নু খঙনা খঙনা,
হেক্তা মাঙই মশাগী অচুম্বা রাখলত্নু,
মাঙনবগী মশক ওইরবা মায়ানা কপ্তুনা।
পামলিগনি মানদি পৃথিবী পুম্বনা,
শাসন অমত্তুংগী মথাদা লৈদ্বুনা,
জাতি পুম্বা চেৎনা-চান্না লৈমিন্নহুনা,
শান্তি ওইনা পানবা তাইবংনা,
শা-লাল, খৎন-চৈনবা থাদোক্তুনা।
খঙনরমদে থায়নদি নরুবা মফম ফাও,
শাসন কয়া থায়দোক্লম্মী তোপ্না তোপ্না,

খণ্ডনরক্লে হৌজিক্তি পৃথি শিন্থুংনা,
তাদবা-খণ্ডনদবা লৈনরকত্রে মফম খূদিং,
থাদোক্লরক্লে মচেৎ ওইবা শাসনশিং,
শেমগৎলক্লে অপূনবা শাসনশিং,
লৈবাক-মহাদেশ খূদিং শিন্থুংনা।
মতম অমা লৈরম্মী মমাঙতৈ থায়না,
মীপূম খূদিং থম্মরম্মী লানপোৎ য়োমহুনা,
থোক্লম্মী অংাওবা হুয়েল লাল তত্তনা,
হাৎনরম্মী, চেম্মরম্মী, খৎনরম্মী তোয়না,
ঙম্মরমদে পোত্থাবা নমু তাইবং পৃম্বা,
ৱানা লেল্লম্মী কপ্পা কপ্পা হিক্লা।
ওইরম্মী মফম খূদিং লাম্থোংনফম তমগীনা,
কোক্লক্লে ফত্রবা পূম্বাস হৌজিক্তি লোইনবা,
য়াওনরক্লে পাম্নবা তাইবং শান্তি ওইবা,
লৈজনালক্লে ভোম্পা লাল পাম্বাশংদগী,
তম্নকপানি মসি মমি অপূনবা শাসনগী।
য়ুম্মুরেল লৈবগুম্না য়ুম অমা পানবদা,
লৈতবা য়াদে অতন্না মকোক অমদি,
খন্থাস মাস কনানা ওংগাদৌরিব,
শান্তি পাম্বশিংনা খম্মহুনা হাপকদরা,
ওইরগন্দ্রা অকনবাশিংনা নমহুনা হেক্তা।
খায়দোক্লি হৌজিক নাকপাক অনি পৃথিবীদা,
লাল পাম্বা অমস্তুং শান্তি পাম্বা হায়না,
য়াওরি ভারতনা শান্তি পাম্বশিংগী মরক্তা,
মসিমদি তশেংলে খ্বাইনা য়ানবদা।
তান্নরি লাল পাম্বা কাঙবুগী মকোক,

শাগৎলি তাইবং মাওনবা তমথীবা খুৎলাই,
শেমগৎলি থৌনা ফবা লান্মী মখোয়গী,
নমত্তুনা লৌগনি ওইগনি হায়না মকোক।
অদুনা ৱানরিবনি মালেম'সিদা হৌজিক,
অৱাবা নংলে শান্তি পামজবা ঐখোয়স্থু,
মখোয়গা তোৎনত্তুনা লৈবা মরমদগী।
হোৎনবা তারি ঐখোয়স্থু মখোয়গী চক্রিনা,
ইরৈবাক-ইজাতি কন্ননবা শোয়দনা,
অদুনা লুরে হৌজিক ঐখোয় য়াম্না,
নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে,
শান্তি-অশান্তি মরক্তা খোম্নকম ওইরে,
অৱা-নুংঙাই অনিদা লান্নংগে।
লাকখিসিনু অমদি শোয়দনা অরেপ্পা,
মপাঙ্গল, মরৌশিং অমস্থুং য়ানবনা,
লেপ্পখিসিনু মকোক মখোয়গী অশেংবা
লাল পাম্বা কাওবুশিংগী কাওলূপ্তা।
য়ানরকসিনু লেপ্পবা কাওলূপ অনিমক,
শেল্লকখিসিনু অপুনবা মালেমগী লৈঙাক।
ৱাৎলি খরদি অসিগুম্বা মতমসি,
ওইরকখিসিনু পৃথিবীগী অপুনবা শাসন,
মত্তুতদা ওইগনি চাওখৎপা মালেম,
পৃথিবীদা শান্তি লাক্কনি মতমত্তুদা।

---




# অঙাংশিংগীদমক নিজবা

হে ঈশ্বর ঈবুংঙো ! তাইবং শেম্বীবা মপু !
পগুরবা জ্ঞান লৈজন্ত্রিবা অঙাংশিংনি,
কর্তবা পুম্বদগী কনবীয়ু অকবা পুম্ববু পীনবীয়ু
চাওখৎ-কিদম পামজবা অঙাংশিংনি ।
পাপকী রাখল খলহনবীয়ু পূন্যগী শিম্বা নীংহনবীয়ু
ভারতকী শেংলবা অঙাংশিংনি ।
লুরবা রাখলগী ঈচেন্দা চঙহনবীয়ু পাপকী ঈনৈ
নহাক্কা পুকচেল শেংবা পামজবনি ।
অকিবা পুম্বদগী কনবীয়ু য়েক্কবগী থৌনা ঙমহনবীয়ু
শেম্বা য়ারিবা অঙাংশিংনি ।
গঙ্গা-কানি-য়ু থকহনবীয়ু ময়াইকাবা চিঙ্গাকশিংবু থিংবীয়ু
মপুন্সিগী খঙজন্ত্রিবা অঙাংশিংনি ।
লায়রবগী মৈশা লাংহনবীয়ু পুক্লিং ঈংনা পালহনবীয়ু
রাখল লৈজন্ত্রিবা অঙাংশিংনি ।
হকচাংগী লু-তোং খুদিংদা অশেংবা ঈচেল চেলহনবীয়ু
পাক্কল কনবা পামজবশিংনি ।
অশেংবা মুংশিং কংহনা অহাওবা চিঙ্গাক চাহনা
পলেম-পম্মৌ কায়নদনা,
লৈহনবীয়ু ইচা-ইনাওশিং পুক্লিং ঈচীক মকারাম্বা
ভারতকী শেংলবা অঙাংশিংনি !
দেশ দেশকী মীশৌরগা চামবা মরী থমহনা
মতমগী মঙাল কাওহনা,
তাইবং-শান্তি কংহনা খোয়রুম-মীনোক তমহনা
য়োকখপীয়ু মখোয়বু নহাক্না ।

---

লোইরবা